# শ্রীযোগেন্দ্রানন্দগিরিগী পুন্সি ৱারী



অইবা :

শ্রীচিংথাম নিংথেমজাও সিংহ
কাকৈথেল মখা থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।

# শ্রীযোগেন্দ্রানন্দগিরিগী পুন্সি ৱারী



অইবা :

শ্রীচিংথাম নিংথেমজাও সিংহ
কাকৈথেল মখা থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।

ফোঙজবা :
শ্রীচিংথাম নিংথেমজাও সিংহ

অহান্বা খুৎনম : ওক্তোবর ৫, ২০০৭ ইং

কোপি মশিং - ৫০০

মমল : লুপা ১৫/-

নমফম :
রোহেন ওফসেট প্রিনটিং দেন
ইরাবোত সোপ্পিং কমপ্লেক্স, ক্বাকৈথেল বজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

ভারত ভূমিগী লৈমাইদা শক্তিক-থবাগী মঙালগুম্ মতিক মঙাল নাইনা লৈরবা, মীতৈ লৈবাক অসিদা পোকখিবা অদুগা লৈবাক অসিমক্তদদি অদুক য়াম্না মমিং খংনদ্রিবা, ঐখোয়গী গুরুদেব শ্রীমৎ পরমহংস যোগেন্দ্রানন্দগিরি পরিব্রাজিকাচার্য্যগী পূন্সিগী অশম্বা ৱারিমচা অমত্তং থম্বা পামজবদগী (১) অমৃতবাণী অহানবা শরুক (২) ভক্তিগী লম্বীনচিংবা লাইরিকশিংদা ইবিরম্বা ৱারেংশিং অদুদগী খোমজিঞ্জরগা ইজবনি। য়াম্না খংহৈদুনা ইজবা নৎচদে। তোল্লবনা পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা অরানবা য়াওরবসু ময়ামগী ঙাকপীহৈবা গুম্না ঙাকপীগনি।

ময়ামগী সেবাদা :

শ্রীচিংথাম নিংথেমজাও সিংহ
ক্বাকৈথেল মখা থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

ওজা শ্রীচিংথাম নিংথেমজাও সিংহনা মহাক্কী গুরুগী সেবাগী মশক ওইনা ইজবা লাইরিক অসি খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা ঐনা পাজবা ফংখি। থোইদোক হেন্দোকপা খুৎই অমা নত্রবসু ইচম চম্বা ৱাহৈ ৱাত্তাদা শ্রীপরমহংস যোগেন্দ্রানন্দগিরি হায়বা ভারত শিনবা থুংনা ফাওখ্রবা মীতৈ মচা অমগী পুন্সিগী ৱারি অমসুং মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংগী মরমদা য়াম্না তেন্না ফোংদোক্লুনা ইরিবা লাইরিক মচা অসিগী মতেংদগী মীয়াম্না শ্রীযোগেন্দ্রানন্দগিরিজীবু মশক নৌনা খঙনবা হোৎনরক্কবা, অমসুং অধ্যাত্মিক (Spirituality) দা মায় ওনশিলক্কবদি ওজা নিংথেমজাও সিংহনা হোৎনজবগী মহৈ য়াল্লে হায়না খনজগনি। মসিমকসু ওইসনু হায়না পরমত্মাগী মফমদা নিজরি।

লাংবনগী পূর্নিমা
তাং ২৬/৯/২০০৭ ইং

লাইশ্রম রমানন্দ সিংহ
ক্বাকৈথেল মথা থোকচোম লৈকাই,
ইম্ফাল।

# ''লেখক্কী অনিংবা''

ইং শোক ১৯৮৭/৮৮ ইংদা দীক্ষা ফংজনিংদুনা সিদ্ধ পুরুষ ওইরবা, লাইনিংলম্বীদা জ্ঞান তারবা মীশক অমা, অসুম থিজরকপদা, ঐখোয়গী ইরম্-ইব্রাইদগী হৌখিবা, স্বামী শ্রীমৎ পরমহংস যোগেন্দ্রানন্দগিরি পরিব্রাজিকাচার্য্যগী মমিং তাজখি। মরম অসিদগী মহাক্কী অচানবা সেবক তাইবুংঙো শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদুসিংহদা চংজদুনা হায়জবদগী গুরু অসিমক্তদগী ঐনা দীক্ষা অসি ফংজখিবনি।

গুরুদেব অসিগী মগুন্দি অঙকপনি। নুমিৎথাগী পান্দমনি। পাপীশিং অমদি বৈষ্ণবশিং থাইদনা চপমান্নবা মঙান পীবিদুনা য়োকপিরিবা গুরুগী পান্দম্নি। য়াম্না ফজখ্রবা, অধ্যাত্মিক্কী ওইবা অসিগুম্বা লমজিংনি অমসুং মতিক মগুন্নি। হৌজিক্কী জগৎ অসিদা সংসারগী ওইবা পোত্তাদদা কল্লক্লদুনা পুক্নিংগী অপাম্বদু থুংননবগীদমক চংশিন্নরি। মীওইবগী পুন্সিগী ওইবা কান্নবা ''ভাগবত প্রাপ্তি'' মসিবুদি অয়াম্বা মীওইশিংনা কাউনখ্রে। মসিদি সন্ন্যাসীশিংগীদমক্তা ওইবা অধ্যাত্মিক্কী লম্বীনী হায়না খন্নদুনা লৈথোক্লরে।

ঐনা পেঞ্জদ্রিবদি, গুরুদেবগী মতিকচাবা সেবা অমত্তা পাংথোকপা ঙমজখিদ্রে। মসিদা হকচিন্না অৱাবা অমা ওইজরে। মপোক অসিদা ঙমজহৌদ্রবসু হয়েংমুক্কী মপোক্তা পাংথোকপা ঙমহনবিয়ু হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী মফমদা হন্না-হন্না নিজরি।

*তোল্লবা গুরুগী সেবক অমা :*

শ্রীচিংথাম নিংথেমজাও সিংহ

ক্বাকৈথেল মখা থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।

# স্বামী যোগেন্দ্রনন্দগিরিগী পুন্সি ব্রারী

শ্রীযোগেন্দ্রানন্দগিরি ভারতবর্ষগী অব্রাং নোংপোক চিদাইদা লৈবা, মণিপুরগী কৈশামথোং লাইশোম লৈরক, ইম্ফালদা ইংশোক ১৯১৪ মে থাগী তাং ২৩, কালেন থাগী ২৯ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা পোকখিবনি। মপোক ময়ীগী ওইনা য়েংঙক্পদা পোক্লিবা নুমিৎ অসিগী শরুক ৬ থোকপগী অহানবা শরুক্তা পোকপনি। অচংবা পুংফম্নি। মবুক ইংবা, অতপ্পা, লৌশিং-জ্ঞান লৈবা, মহৈ বিদ্যাদা মপূং ফানা হৈবা, মী অতোপ্পনা ইকাইখুম্নবা, অচৌ-অশাংশিংগা তোৎন-তিন্নবা হৈবা, অথোইবা মতিক মগুণ চেনবা মীশক অমা শোয়দনা ওইগনি।

মহাক মীতৈ মচা অমনি। অপোকপগী মমিংনা শ্রীঅহৈবম তোমচা সিংহ কৌই। অপোকপীগী মমিংনা শ্রীমতি লাইশ্রম নিংঙোল চাউবী দেবী কৌই। ময়াম্বা অমা, মচেম অনি অমসুং মচলনুপী অমা অসিগী মরক্তা স্বামীজীনা মরিশুবা অঙাং ওইরম্মী। পূর্ব্বাশ্রমদা স্বামীজীগী মিং অসি য়ুমদদি শ্রী ইবুংঙোবী সিংহ অদুগা স্কুলদনা শ্রীঅহৈবম তোম্বা সিংহ হায়না কৌই। ময়াম্নসু অসুম্না অসুম খংনৈ।

স্বামীজী অসি অঙাং ওইরিঙৈদদি, মশা-মউ কয়া ফৎলমদে। তিনগং-য়াঙ্গংবা ওইনা হৌরকখিরম্মী। লাইরিক-লাইশু তম্বগী মতাং য়ৌরক্লপদা কৈশামপাৎ নিম্নপ্রাইমারী স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি।

স্কুল অসিদগী নিম্নপ্রাইমারী পরীক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা চীংঙা ইউ, পী স্কুলদা তমদুনা উচ্চপ্রাইমারী পরীক্ষা পাস তৌখিরম্মী। অদুগা চুড়াচান্দ হায়স্কুলদা ক্লাস টেন ফাওবা লাইরিক তমখি।

স্বামীজীগী নহা ওইরিঙৈগী শাহৌদি, য়াম্না চম্না হৌই। অহল-লমন্দা থকশি-খাসি নাইনা চৎলি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা, স্বামীজী অসি লাইগী ৱারী-ৱাতাই তাবা য়াম্না পাম্মী। মতম অয়াম্বদা অহল-লমনগী মনাক্তা ফমদুনা লাইগী ৱারী মহাভারত, রামায়ন্নচিংবা তাবা ফংননবা য়াম্নাকন্না হোৎনজে।

পুং ঈশৈগী মরমদসু স্বামীজীদি থোইদোক-হেন্দোক্লা, পামজবা মীশক অমসু ওইরম্মী। পুংকক্ চাউরক্পদগী হৌনা সন্ধ্যা গৌড়ীগী ঈশৈ শক্তুনা অমসুং পুং য়ৈদুনা মতম লেল্লি। য়ুমদা লৈবা মতমদসু গৌড়ীগী ঈশৈ শক্তুনা অমসুং পুং য়ৈদুনা মতম লেল্লি। অদুগা অফাওবা গোস্বামীশিংগী বেঙ্গলী পদাবলীশিং (লাইশোল ঈশৈশিং) পাদুনা, মদুগী ঈশৈ ঔরাইদুনা অমসুং শক্তুনা মতম লেল্লি। শম্না হায়রবদা স্কুলগী পাড়া ঔরাইবদগীদি, সন্ধ্যা গৌড়ীগী পুং ঈশৈ ঔরাইবনা হেন্না থৱায় য়াওরম্মী।

স্কুলগী চহীগী শাম্নবগী মতমদা সংস্কৃতগী ফজ-ফজবা শৈরেংশিং থী। শৈরেং অয়াম্বদি, শঙ্করাচার্য্যগী অফাওবা লাইরিকশিংদগী ওইনা থী। অসিগুম্বা ধর্ম্মদা য়াম্না পুক্নিং চংবগী শক্তম অসিদি, য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা উবা ফংলকখি।

স্বামীজীগী অপোকপা শ্রীঅহৈবম তোমচা সিংহ অমদি অপোকপী চাউবী দেবী অনিমক ঈশ্বরগী মরমদা পুক্নিং চংবা

মীশক ওইরম্মী। স্বামীজীনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখিবা মতুং অসিদগীদি, পীতাজীসু (স্বামীগী অপোকপসু) রাধাকুণ্ডা লম্বোইদুনা লাইনিংবা মীশক অমা ওইদুনা লৈখিরম্মী। অহল-লমনগী অপান্বসিদি স্বামীজীদা, ময়েকলানা, ফজবা মমি তাখিবা মীশক অমসু স্বামীজীনা ওইখিরম্মী।

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিনা মশাগী চহি ২২ শুরকপা মতমদা ইংশোক ১৯৩৬ কী মার্চ্চ তাং ২০ গী অহিংদা য়ুম থাদোকই। তাং ২১, মহাবারুণী নুমিত্তা মণিপুর থাদোক্তুনা ধর্ম্মশাস্ত্রগী তম্নফমগী অথোইবা মফম অমা ওইরিবা, বরানসী, কাশীদা খোংশানখিরম্মী।

স্বামীজীনা খোংশাল্লমদাইদা অপোকপা-অপোকপীদগী মহাবারুণী খুরুমজরুগে হায়না বিদায় লৌরগা য়ুম থাদোকপনি। স্বামীজীনা নুমিৎ ৩/৪ নি হল্লক্রুবদা, য়ুমলোমদা য়াম্না ব্রানা কোইহং হংনদুনা থিনখিরম্মী। স্বামীজীনা মহাক্লা চৎলিবা অসিগী মরম শুগাইনা ইদুনা চিঠি অমা য়ুমগীদমক ডিমাপুরদা থাদরম্বা অদু, নুমিৎ ৪নি শুবদা ফংদুনা মরম খংবদগীদি ব্রানরম্বা অদু কোকখিরম্মী।

স্বামীজীনা বনারস য়ৌবা মতমদা, মহাক্কা ফজনা খংনজবা, বুধচন্দ্র যুবরাজ মফম অসিদা লৈরম্মী। খংনবদুনা মরম ওইদুনা থা ২ রোম মহাক্কা লৈমিন্নরম্মী। মতম অদুদা বামন লৈকায় থাঙ্গাপাৎ মপান্দা লৈবা শ্রীব্রজমনি শর্ম্মগা লোয়ননা স্বামীজীনা হিমালয়গী তীর্থ পুম্নমক দর্শন ফংননবা চৎকে হায়বগী আশাদা, মখোয় অনিনা বনারসদগী হরিদ্বার, ঋষিকেষ ফাওবা রেলগাড়ী তোংদুনা লাকমিন্নখিরম্মী। অদুদগীদি হিমালয়দা খোঙনা চত্তুনা বদরীণরায়ণ, কেদরনাথ,

তুঙ্গনাথ্, ত্রিকুচী ণরায়ণ, বসুন্ধরানচিংবা ফংঙমদ্রবা তীর্থ কয়ামরুম দর্শন ফংখিরম্মী। খোঙচৎ অদু থা ৪ খরা হেন্না চঙখিরম্মী।

ব্রজমনি শর্ম্মনা খোঙচৎ অদু খ্বাইদগী হেন্না ৱাবা, চাবা থকপগী অমদি পৈশা নুংশাগী খুদোং চাখিদবগী মরমদা, শ্রীযদু সিংহ অমদি জ্ঞান মন্দিরগী সম্পাদক্কী মফমদা ময়েক শেংনা লিদুনা খংহনখিরম্মী। মরক মরক্তা ব্রজমনি শর্ম্মনা মশাদা নুংঙাইবা ফাওরকপা অদুসু স্বামীজীনা উখিরম্মী। অদুদগী অমুক হল্লক্তুনা বনারসদা বুধচন্দ্র যুবরাজগা স্বামীসু অমুক হন্না মতম খরা লৈমিন্নখিরম্মী। মসিগী মতুংদা কৈশামথোং লোংজম লৈরক্তা লৈবা মনিরাম শর্ম্মগী মতেংদগী, বরানসীদা লৈবা স্বামী শ্রীমঙ্গলগিরিজীদগী ব্রহ্মচারী দীক্ষা ১৯৩৬ ইংদা লৌখিরম্মী। অদুগা মিংনা যোগেন্দ্রানন্দ কৌখিরম্মী। গুরু অসিগী মনাক্তা মতম খর লৈরবা মতুংদা, মাগী য়াথং মতুং ইন্না হরিদ্বারদা লাকই। অদুগা হরিদ্বারদগী পঞ্জাবতা অমুক চৎলি। মফম অদুদা, চহি ১গা মখায়রোম লৈ।

ইংশোক ১৯৩৮ গী এপ্রিল থাদা হরিদ্বারদা কুম্ভ মেলা তৌই। মদুদা লাক্লগা স্বামী মঙ্গলগিরিজীদগী সন্ন্যাসী দীক্ষাসু লৌখিরম্মী। অদুগা মিংনা যোগেন্দ্রানন্দগিরি হায়না কৌখিরম্মী। কুম্ভ মেলা লোইরবা মতুংদা মহাক্কী গুরুজীগা লোয়ননা যোগেন্দ্রানন্দগিরিসু পঞ্জাবতা চৎখিরম্মী। মতম অসিদা গুরু মঙ্গলগীরিজীনা য়াম্না ফজথ্রবা, মরুওইবা পাওতাক অমা পিবিখিরম্মী। মদুদি ইবুংঙো যোগেন্দ্রানন্দগিরি নহাক পুন্সি অসিমগীদি সন্ন্যাসীগী পুন্সিদা লেল্লগদবনিনা, "সংস্কৃত, বেদ-বেদান্তগী মতিকচাবা জ্ঞান ফংহৌবা থোক্লগদি, শিংথানবা য়াবা

সন্ন্যাসী অমা ওইৰা ঙমগনিদো।’’ হায়রিবা জ্ঞান অদু লৈত্রগদি, ইচম চন্বা সন্ন্যাসী অমা ওইনা লেনগনিদো। মরম অদুনা হায়রিবা বিদ্যা অসি তমথহন্নিংঙি হায়বা গুরুদেবগী পাওতাক অসি হেক তাবমক্তদা, যোগেন্দ্রানন্দগিরিনা অসুন্না খুমজরকখিরম্মী :- ‘‘গুরুদেবগী য়াথং লৈবাক তাহঞ্জরোই। ফিগাও শানা য়াজরি, হায়না হঙ্গৎচখিরম্মী।’’ হায়রিবা খোংফম অসিমক্তদা পঞ্জাবতা লৈহৌদুনা, পঞ্জাব ইয়ুনিভরসিটি (বিশ্ববিদ্যালয়) দা প্রাণপনে (Heart & Soul) হোৎনজদুনা সংস্কৃত তম্বা হৌখিরম্মী। অমৃতসর ১দি লাহোর মফম অনি অসিদা লৈদুনা চহি ৬ মথং মনাও নাইনা তমদুনা, প্রাজ্ঞা ১দি বিশারদ পরীক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা, ইংশোক ১৯৪৪ দা পঞ্জাব বিশ্ববিদ্যালয়গী শাস্ত্রী পাস তৌখিরম্মী।

হায়রিবা চহি ৬ অসিগী কালেন ছুটি খুদিংদা, থা অমরোমদি খোংনা লম কোয়বা হেক হেক চৎলি। ইহান হানবা কালেন ছুটি থাদা, কাশ্মীরগী অমরনাথ, বৈষ্ণবদেবীনচিংবা তীর্থশিং দর্শন তৌখিরম্মী। মথং চহিগী কালেন ছুটিদনা হৌজিক্কী হিমাচল প্রদেশগী মনুংদা লৈবা জ্বালামুখী দেবী, চিন্তপুরনীনচিংবা তীর্থশিংগী দর্শন তৌরম্মী। মথং চহিগী কালেন ছুটিশিংদা, অনৌ অনৌবা মফম কয়ামুকসু দর্শন তৌখিরম্মী। শাস্ত্রী পরীক্ষা হেক লোইবগা, হিমালয়গী গোমুখী তীর্থ দর্শন ফংজখিরম্মী। মফম অসিমক্তদা হাপ্তা অমা চরা হেল্লগা সমাধিদা ফমদুনা, ঈশ্বরবু পুক্লিং অনি লোংদনা নিংজখিরম্মী। খোংফম অসিদা, ঈশ্বরগী মঙালসু ফংজখিরম্মী। মতুং অসিদদি, মহাক্কী গুরু মহারাজনা কৌরক্তুনা অমুক হন্না মনাক্তা হল্লকখিরম্মী।

গুরুগী পাওতাক মতুং ইন্না বনারসতা লৈদুনা বেদান্ত তম্বা হৌখিরম্মী। বেদান্ত শাস্ত্রী পাস তৌরবা মতুংদা, মখা তমথদুনা ইংশোক ১৯৫১ দা বেদান্ত আচার্য্য পরীক্ষা পাস তৌখিরম্মী।

ইংশোক ১৯৪৫ গী মে থাদা মণিপুরদগী যোগেন্দ্রানন্দগিরিদা মমা য়াম্না কন্না নারে, হায়দুনা টেলিগ্রাম তৌরক্তুনা লাক্লনবা খংহল্লক্লম্মী। মতম অসিদা মহাক্কী গুরু' মহারাজগী মশা নুংঙাইতবনা মরম ওইদুনা, চৎথোকপা য়াবগী য়াথং লৌবা ঙমজখিদ্রে। মরম অদুনা শ্রীভগবান্দা প্রার্থনা তৌজরগা, মমাগী পুন্সি চহি অমত্তংদি শাংথনা লেনবা, ওইহনবিয়্ হায়না নিজখিরম্মী। হায়রিবা ৱাফমসি য়ুমলোমদসু খংহল্লক্লম্মী। অনাবা অসিদি শঙ খন্দুনা লৈরবা অনাবনি।

অঙকপনি হায়রিবা পাউ অসি হেক ফংবদগীদি, অয়ৌবী থাক্তা নাদুনা লৈরবা অনাবা অসি নোংম নোংমগী অসুম ফগৎলকখিরম্মী। অদুগা য়াম্না নক্লনা লৈবা, বামোন নিপামচা অমসু নাদুনা লৈরম্মী। হায়রিবা বামোন মচা অসিগী অনাবা অসিনা, নোংমা নোংমগী অসুম অসুম হেঞ্জল্লক্লম্মী। অনাবদু ক্রক-ক্রক লাকশিল্লক্তু না, শঙ খনবা নঙদ্রে। মরম অদুনা হনুবী অদুগী অখনবা শঙ অদু, মাগী ওইনা লৌদুনা শিজিন্নখ্রে। অসিগুম্বা যোগ বিভুতীগী শক্তিগী ওইবা, অঙকপা থৌদোকশিং খরসু স্বামীজীদগী উবা-তাবা ফংনখিরম্মী।

মথংদা অমুক ইংশোক ১৯৪৬ কী এপ্রিল থাদা, মণিপুরদগী মমা য়াম্না কন্না নারে হায়দুনা, পাউ হেক ফংবগা, মহাক্কী গুরু মহারাজগী অয়াবা য়াথং লৌজরগা,

যোগেন্দ্রানন্দগিরি মণিপুরদা থোক্লকখিরম্মী। অদুগা মহাবলি, হনুমানগী আশ্রমদা লৈদুনা, নুমিৎ ২০ নিমুক ইম্ফালদা লৈরগা মমাগী সেবা ফংজখিরম্মী। মতম অসিদা ইম্ফালদা, বোধচন্দ্রদু নিংথৌ ওইদুনা লৈরম্লে। মহারাজ অসিনা যোগেন্দ্রানন্দগিরিবু য়াম্না লুনা তরাম-তরাম্না তৌবিরম্মী।

মমাগীদমক বমোন মনিরাম্বু ভগবত সপ্তাহ তৌহল্লম্মী। অদুগা স্বামীজীনা গীতা পাঠ তৌদুনা মমাগী নাক্তা লৈরম্মী। ভগবত পাঠ লোইরবা মতুংদা নুমিৎসিমক্তদা, অপোকপী বৈষ্ণবী ওইদুনা নোঙ্গাখিরম্মী। মমাগী অস্থি-সঞ্চয় তৌরবা মতুংদা, মমাগী অস্থি পুদুনা স্বামীজীসু বোধচন্দ্র মহারাজনা শিলোং চৎপা মতমদা মাগা লোয়ননা মণিপুর থাদোকখিরম্মী। অদুগা রাধাকুণ্ডদা লম্বোইদুনা লৈবা মপাবুংগী মনাক্তা লাক্লগা মপাবুংনা তাকপীবগী মতুংইন্না, অস্থি অদু বিসর্জ্জন তৌখিরম্মী। মমাগী শ্রদ্ধ নুমিত্তা লম্বোইবা বৈষ্ণবশিংবু খুরুমজরগা, শ্রাদ্ধগী ফল-মল ওইনা কৎচরিবা অন্ন-প্রসাদি অদু ফংহনখিরম্মী। মখোয়গী দক্ষিনাসু কৎচরদুনা মমাগী কর্ম্ম অদু মতৌ অসুম্না পাংথোকখিরম্মী। মফম অদুদা মপাবুংগা নোংমা-নিনি লৈমিন্নরম্লগা, স্বামীজীসু পঞ্জাবলোমদা অমুক হল্লকখিরম্মী। নুমিৎ খরদং পঞ্জাবতা কোয়দুনা লেনখিরম্মী। মতুং অসিদা মহাক্কী গুরু মহারাজগী মনাক্তা অমুক হল্লকুনা লৈখিরম্মী।

মহাক্কী গুরুদেবগী য়াথং মতুংইন্না, বেদান্ত আচার্য্য পাস তৌরবা মতুংদা, সন্ন্যাসী সংস্কৃত কলেজদা ওজা অমা ওইদুনা চহি ৬ বিদ্যাদান তৌদুনা লৈখিরম্মী। মসিগী মতুংদা ভারতকী

গনিত (অঙ্ক)শাস্ত্রসি কয়ামুক ব্রাংনা লৈবগে হায়বসি খংনিংদুনা, সিদ্ধান্ত জ্যোতিষকী পাঞ্জিকা ইননবা ১সুং তিথি গ্রহনচিংবা পুথোক্লবা, শাস্ত্রগী ওইবা, মদু হোৎনরগা, অমুক হন্না পরীক্ষা পীদুনা ইংশোক ১৯৫৭ তা সিদ্ধান্ত জ্যোতিষ আচার্য্য পরীক্ষা পাস তৌখিরম্মী। মসিদা বনারস হিন্দু ইউনিভর্সিটি (বিশ্ববিদ্যালয়) গী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না নম্বর ফংবা মরমদগী সুবর্ন পাদক (Gold Medal) মরিখক ফংখিরম্মী। হায়রিবা গোল মেদল অনি খক্তি মণিপুর সরকারগী মিউজিয়মদা হৌজিক হৌজিকমক থমদুনা লৈরি। অদুগা গোল মেদল অনি খক অদুনা হরিদ্বারগী মঙ্গলগিরি আশ্রমদা অদুম থন্নিবনি।

সিদ্ধান্ত জ্যোতিষ পাস তৌরবা মতুংদগীদি, সংস্কৃত কলেজদা, ওজা ওইবা অদু থাদোক্লগা, "গোবিন্দ মঠ" হায়বা অচৌবা ইনষ্টিট্যুসন, অদুদা অমুক ওজা অমা ওইখিরম্মী। হায়রিবা ইনষ্টিট্যুসন অসিদদি, ভারতকী মফম খুদিংমক্তগী অথোইবা বিদ্যা ফংনিংবা কাংবুশিংনা, মীওইশিংনা তম্মনবা তাম্নবা মফমনি। মফম অসিদা লৈদুনা মতিকচানা অমুক চহি ১০ রোম বিদ্যাদান তৌদুনা লৈখিরম্মী। মতম অসিদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিনা বেদ বেদাঙ্গ, ধর্ম্ম শাস্ত্র, দর্শনশাস্ত্র, পুরাণ, ইতিহাসনচিংবা সংস্কৃতগী ফংবা ঙস্বা জ্ঞান পুম্নমক ফংননবা, লাইরিক পুম্নমক নিংথিজনা য়েংদুনা, ইংশোক ১৯৭১ ফাওবা বনারসতা লৈখিরম্মী।

ইংশোক ১৯৫১ দা গুজরাত্তা চৎতুনা দ্বারকাপ্রভাস, সোমনাথনচিংবা মফম অদুগী তীর্থ পুম্নমক্কী দর্শন তৌখিরম্মী। ইংশোক ১৯৬৮ জানুয়ারী তাং ৬ তা মশাগী চহি ৯৫ শুবা মতমদা, মহাক্কী গুরুজী মহারাজ মঙ্গলগিরি নোঙ্গাখিরম্মী।

গুরুজী মহারজগী সেবা মপুং ফানা পাংথোক্লবা মতুংদা, ইংশোক ১৯৭১গী ডিসেম্বর থাদা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীনা বনারস থাদোকখিরম্মী। অদুগা হরিদ্বার ১দি ঋষিকেষতা লাক্কুনা লৈখিরম্মী।

অহানবদা, স্বামীজীনা ঋষিকেষগী কৈলাস আশ্রমদা লাক্কুনা লৈখিরম্মী। হায়রিবা কৈলাস আশ্রম অসিদদি ভারতকী অফাও-অফাওবা সাধু মহাত্মাশিং, সাধু সন্তশিং, পরমহংসশিং, পরিব্রাজিকাচার্য্যশিং, মহামণ্ডলেশ্বরশিং কয়াগী লৈফম্নি।

মফম অসিদা লৈদুনা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীসু মহামণ্ডলেশ্বরগী ফম অমসু ওইখিরম্মী। মফম অসিদা লৈরিবা ঋষি মহাত্মাশিং অসিগী মনুংদগী, য়াম্না এক্সপার্ট ওইরবা বোর্ড অমনা, যোগেন্দ্রানন্দগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খন্নরবা মতুংদা মহাক্কী মতিকচাবা টাইটল "শ্রীমৎ পরমহংস যোগেন্দ্রানন্দগিরি পরিব্রাজিকাচার্য্য" হায়বা উপাধি অসি পীদুনা, ভারতকী অফাওবা সন্ন্যাসীশিং অসিনা য়াম্না নিংথিজনা সন্মান উত্তুনা, হায়রিবা "পরমহংস" পদবী অসি পীখিরম্মী।

যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীগী শিংথানবা য়াবা সিদ্ধান্ত ওইবা অমনা, হরিদ্বারগী "কংখল" হায়বা সন্ন্যাসী রোডকী ময়াদা লৈবা মফম অমদা, মহাক্কী গুরুদেব শ্রীমঙ্গলগিরিজীগী মমিংদা আশ্রম অমা লিংখত্তুনা, ইংশোক ১৯৭৪গী অদুব্রাইদগী হৌনা ভগবানগী সেবা মতমচুপ্পদা ফংহন্দুনা লৈরক্লিবা অসিনি। আশ্রম অসিগী ওইবা Trust "ট্রসট" অমা থমদুনা, মসিগী মথাদা ফণ্ড শেমদুনা লুপা লাখ ১০ মুক থমখিরম্মী। হায়রিবা

ফগু অসি শেমগৎলকপা মতমদা, মণিপুরগী জ্ঞান মন্দিরদগীসু চহি খুদিংগী অঙম-অঙন্থা শেল কয়া থাদুনা লুপা লাখ খরদি ফগু অসিদা হাপচিঞ্জখ্রে। হৌজিক ফগু অসিগী শেন্দোইনা, আশ্রম অসি নিংথিজনা চলাইদুনা হিংবা ঙম্লিবা অসিনি। হৌজিকমক আশ্রম অসি পুরিবা দেবস্বামী কৌবা সন্ন্যাসী অসিসু গুরুদেব যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীগী সেবকনি।

ঐখোইগী ইরৈবাক মণিপুরঅসিদা, শক্লাইরবা পণ্ডিত কয়ানা মীতৈলোন্দা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক কয়ামুকসু লৈরবনি। পুন্নমক মীওইববু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবিবা ঙাক্তনি। অদুগা যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীগী ''ভক্তিগী লম্বী'' কৌবা লাইরিক অসি পারুবা মীপুম খুদিংমক্লা নৌহৌননা, ভক্তিগী প্রভাব ময়েক শেংনা পোকহল্লি। পারুবা ভক্তশিংগী পুক্নিং অহোইনদুম চিংশিল্লি হায়না লৌনরি। স্বামীজীনা পোক্লফম ইমা মণিপুরগী সেবাগী মশক ওইনা, অধ্যাত্মিক্কী জ্ঞানগী ওইবা কান্নরবা লাইরিক খরা মীতৈলোন্দা ইবিদুনা, ভক্তশিংগী মিকপ থোকহনবিরবনি। লাইরিকশিং অদুদি, মখাগীশিংসিনি। (১) ভক্তিগী লম্বী, (২) জ্ঞানগী লম্বী, (৩) ধ্যানগী লম্বী, (৪) কর্ম্মগী লম্বী, (৫) অমৃতবাণী পার্ট ব্রান, (৬) অমৃতবাণী পার্ট টু, (৭) ব্রহ্মচার্য্য, (৮) অবতারগী অথুপ্পা ব্রাফম, (৯) পঞ্চরত্ন, (১০) গীতানচিংবা লাইরিকশিং অসি অধ্যাত্মিক্কী ওইবা লম্বীদা য়াম্না মমুৎতানা ইথোকপীরম্বদগী, মদুবু পারুবা ভক্ত খুদিংমক্লা ঈশ্বরগী লম্বেলদা চংশিঞ্জনবা তাঞ্জা অমা ফংহনবিরবনি, হায়না বৈষ্ণব সমাজনা স্বামীজীবু ঙমখৈ লৈতনা শিংথানরিবনি। অদুগা ঐখোয় পুন্নমকপুসু লমজিংবিরিবনি হায়নসু লৌনরিবনি।

মণিপুর অসি স্না লৈবাক হায়নসু কৌনৈ। অদুগা লাইরৈবাক হায়নসু হায়নৈ। লমদম অসিমক্তি চীংনা পুমকোই কোইশিনবা, মপান লৈবাক্কী মীওইশিংগা শনম-মীনম ফংনদবা, য়াম্নসু পীকপা লৈবাক অমনি। মীশিং য়ামদবা লৈবাক অমা ওইজরবসু মফম অসিদা লৈবা মী অয়াম্বা, মথৌনা মরিংজেল লৈবা ১দি মতিং লৈবা, মীতা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মরমদি মনিংমখা তম্বা লৈবাক অমা ওইবা মরম্না, নিংখাতম্বদু ঙাক্লনবা হোৎনরকপদা, শাফম লানফমদা, মায়োক্লরকপদা, হিরম কয়ামুক্তা মায়পাকপা ঙম্লকলিবসি, হৌজিকসু ঐখোয়না উবা ফংলিবা অসিনি।

ঐখোয়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজী অসি মী খুজোকমুক্তা লৈবা, মীতৈলৈবাক অসিদা পোক্লগা, মীশিং য়াম্না লৈখ্রবা ভারত ভুমিদা চৎখ্রগা, বিদ্যাদা শিংথানবা মীশক অমা ওইরুরিবসিদি, প্রমাণ অমদা হায়রগা "লৈবাকলৈ" কৌবী য়াম্না থোৎ-নৌখ্রবী লৈরাং অদুনা কালেন থাগী কনখ্রবা লৈবাক মনুংদগী য়াম্না থাজদনা থিনগৎলক্তুনা মপুংফানা লৈরাং লৈশাৎ তম্বা ঙমখিবা, শিঙেন অদুগী পান্দমগুম, ঐখোয়গী স্বামীজীসু পীকপ্রবা লৈবাক অসিদা পোক্লগা, চাউরবা মীশিং য়াম্না লৈখ্রবা ভারতকী লৈমাইদা, ঙাম্থোইরুরিবা অসিনা তাকপদি, মীতৈলৈবাক অসিদা পোকপা মীশিং অসি মথৌনা লৈবা, মীরংজেল ফবা, মরু চংবা, ১দি মতিংলৈবা মীশক অমমম ওইবননি। মরম অদুনা লৈবাক অসি স্না লৈবাক হায়সিরা, লাইরৈবাকপু কৌসিরা নত্রগা অনিমক অদুম কৌরসি হায়রবসু য়ারবনি।

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজী অসি হৌজিক্কী মতম অসিগী শিংথানবা য়ারবা বিদ্যা চংখোন্না হৈবা, য়াওন শুনা খংবা মীশক অমনি হায়না মহাক্কী মতিক মগুণবু ফোংদোক্লুনা ইবা ভারতকী শক্লাইরবা পরমহংস অহুম্না ইবিরম্বা ব্রারোলশিং অদু মথাদা ইদুনা ফোংদোকচরি। মসিমক্তি সংস্কৃত্তগী মীতৈলোন্দা ইথোকপীরকপনা শ্রীযোগচৈতন্য ব্রহ্মচারী বেদান্তচার্য্যনি। মহাক্না ইথোকপিরকপা অদু মতাং অসিদা হাপচিঞ্জরিবনি।

হায়রিবা লাইরিক অসিদি, শ্রীমৎ স্বামী মধুসুদন সরস্বতীজীনা ইবিরম্বা " অদ্বৈতরত্নরক্ষণম" কৌবা সংস্কৃত্তা ইবা, লাইরিক্কী টিকা টিপনীগা লোইনবা, হিন্দী অনুবাদ অমা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীনা ইবিরম্বা, লাইরিক অদু মীয়াম্না য়াম্না পেনবীখিবদগী, মথক্কী পরমহংস অহুম্না স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীবু মাগী হৈশিংবা, অমদি মাইকৈশুনা খংজিন-উশিনবা ঙম্বগী, বিদ্যাগী মতিক মগুণবু থাগৎতুনা ফোংদোকপিরকপনি। মদুনি মথাদা থমজরিবা অসি :-

### শ্রীস্বামী ত্রিবেণীপুরীগী মত

(১) অদ্বৈতবাদ হায়বা অসিনা জীবত্মাগা, ব্রহ্মগা মরি লৈনৈ-অমত্তনি হায়বা মতনি। (২) দ্বৈতবাদ হায়বনা জীবত্মাগা ব্রহ্মগা তোংঙান তোংঙানবা অমমমনি, খেন্নৈ হায়বা মতনি। হায়রিবা খেন্নবা লৈরিবা মত অনি অসিগী মেরীত অমসুং ডিমেরিত হায়বদি, অফ-ফত অদু শুগাইনা কান্নবা ১দি কান্নদবশিং অদু পুম্নমক ময়েক শেংনা ফোংদোক্লদুনা তর্কতৌনবনি, য়েৎনবনি। অচুম্বা খংদোক্লবনি।

দ্বৈতবাদকী মত্তা য়াম্না হকচিন্না খুৎথাদুনা অকনবা হকচিনবা মত পীদুনা, শ্রীশঙ্করমিশ্রনা ইরিবা "ভেদরত্ন" ভেদপ্রকাশ কৌবা লাইরিক অসিদা অসুম্নসু ফোংলি :-

" ন সা ধীঃ ক্বচিদ প্যস্তি যত্র ভেদোন অসিনচিংবা মসিবু কক্লনবা অচার্য্য ভাসতো" মধসূদন সরস্ততীজী মহারাজনা "অদ্বৈতরত্ন রক্ষণম" কৌবা য়াম্না ফজরবা নিবন্ধ ওইবা লাইরিকসিবু ইখিবনি। দ্বৈতবাদশিংগী অচৌবা বিদ্বান শ্রীশঙ্করমিশ্রগী "ভেদরত্ন" (ভেদ প্রকাশ) গী অহৌবদা অদ্বৈতবাদশিংবু হুরানবা শীদুনা ইরি :-

ভেদরত্ন পরিত্রানে তার্কিকা এব য়ামিকা। অতো বেদান্তিনঃ স্তেয়াম্নিরস্যত্যেধ শঙ্করঃ। ভেদবাদ (দ্বৈতবাদ) কী রত্নবু ঙাক্ল বগীদমক্তা অহিংগী থোঙশংবা ওইদুনা তর্ক হৈরবা নৈয়ায়িক ঐখোয় লৈরি। অদুনা হুরানবা বেদান্তিশিংনা নারোন্দা লিশিল্লক্লবা হোৎনবা শঙ্করমিশ্রবু অরেম্বা তাহনগনি। হায়বা ৱাফম অসি শুকশোয় শোয়বা লৈতনা অচুম্বা ওইহনবা ঙমখি। লাইরিক অসিবু বিদ্যানশিংগী জগত্তা য়াম্না থাগৎনখি ১সুং প্রসিদ্ধ ওইখি। লাইরিক অসি অদ্বৈত বেদান্তগী অথোইবা ১দি খংবদা য়াম্না অরুবা লাইরিক অমনি।

মসি নব্যন্যাইগী অরুবা তর্কগী লোন্দাদা ইবা লাইরিক্নি। স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিনা "অদ্বৈতরত্নরক্ষণম" বু হিন্দীদা অনুবাদ লোইননা টিকা ফজনা পীদুনা ইরিবা অসিগুম্বা লাইরিক

অমত্তা অতোপ্পনা ইবা লৈখিদ্রি। মথক্তা পঙ্করিবা কয়া অসিবু উবিদুনা, ঐগী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজরবা মরুপ শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীনা গ্রন্থরত্ন (অদ্বৈতরত্নরক্ষণম) অসিগী হিন্দী অনুবাদ ১দি য়াম্না লুবা মতাংদনা টিপনী (লাইথোকহন্দুনা ইবা) গা লোইননা য়াম্না থাগৎনিংঙাই ওইনা ১দি মাইপাক্লা হোৎনবিখি। লাইরিক অসিগী অরুবা মতাংদনা টিপনী ইবিবনা, লাইরিক অসিগী মগুণবু ময়েকলানা ফজনা খংবা ঙমই। অনুবাদ অসিগী লোলসু য়াম্না লাইহল্লি। অদুগা গ্রন্থগী অর্থবু মপুংফানা ফোংদোকপা ঙমই।

ৱাহে ৱাতাসু চম্বা ১সুং মেঙবা ওইহল্লি। ঐনা য়াম্না থাজে মদুদি অনুবাদ অসিনা অদ্বৈতবু খংবা পামজবা মীওইশিংদা, য়াম্না মতেং ওইগনি ১সুং মখোয়গী ইথৌলাংবা কোকহনবদা অচৌবা মতেং ওইরগনি।

অসিগুম্বা ৱাংলবা গ্রন্থ অমবু ময়েক শেংনা য়ামনা লাইনা খংহন্নবা, অনুবাদ তৌবা হায়বসি চঙখোল্লবা পণ্ডিত অমগী কলমতদা লৈ। অমদি মহাক্কী কন্না হোৎনজবা অমগী মখাসু পোল্লি। বিদ্বানশিংগী পূজা তৌনিংঙাই ওইরবা, শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজী মহারাজ বেদান্ত শাস্ত্রীগী অথোইবা বিদ্বান অমনি। লোয়ননা "সিদ্ধান্ত জ্যোতিষ" শাস্ত্রগীসু অচৌবা পণ্ডিত অমনি।

মরম পুন্নমক অসিদগী অসিগুম্বা মহাপুরুষ অমগী কলমদা থোইদোক্লা মায়পাকৃপা হায়বসি মশানা সিদ্ধ ওইরবা ৱাফমনি। ঐনা অমুক্কা হন্না আশা তৌজরি, মদুদি বিদ্বানশিংনা গ্রন্থরত্ন

অসিবু আদর (লুনা তৌবা) তৌগনি। প্ররমপ্রিয় স্বামীজী মুমুক্ষুশিংবু (মুক্তি পাম্বশিংবু) মতম শাংনা মাইকৈতাকপিদুনা লৈনবা, পরম পিতা পরমেশ্বরদগী শুভ কামনা তৌজরি।

স্বামীত্রিবেণীপুরী
নব্যনন্যায়-বেদান্তচার্য্য।

## স্বামী মহেশ্বরানন্দপুরীগী মত

প্রস্তাবনা :-

ভারতীয় সংস্কৃতি অসিদা ষড়দর্শন হায়বদি মখল তরুক্কী দর্শনশিংগী খেন্নবা থম্বসিনা সিড়ী হায়বদি থাক থাক্কী ওইবা মওঙবু পুরক্খি। বিচার তৌবা মীওইশিংবু মসিনা মখোয়গী বুদ্ধি মপুং ফাহনখি। মথক্তা পীরিবা দর্শন কাংলুপ অসিগী অরোইবা মপুং ফাবা (টর্মিনস ষ্টেসন) বেদান্তনি। বেদান্ত অসিদসু বিচারগী ময়েক লাবগী মওঙ মতুংইন্না মখল মখা খেন্নবা কয়া থোরকখি। খ্বাইগী অকোনবদা অদ্বৈতবেদান্ত দর্শনগী মীওই খুদিংগী য়ানবা ফজবা মওঙ ওইরকখি। অদ্বৈত হায়বসিদা মীওইবগী খ্বাইদগী ৱাংলবা অপাম্বা অদুবু থুংহনবিবা ঙম্বগী শক্তি লৈ।

নোংচুপলোমগী দর্শনিক আইনষ্টিন্নচিংবা খুদিংমক্কা অরোইবদা অদ্বেত বেদন্তথক্তবু য়াখি। অদুনা অদ্বৈত বেদান্ত হায়বসিদা মীওইবগী ব্রাংলবা অপান্বা, অদুবু থুংহনবিবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। মরম অদুনা বিজ্ঞানগী অরোইবা পন্থুংদি অদ্বৈত বেদান্তনি।

অদ্বৈত বেদান্তগী হৌরকফম নত্রগা মুলাধারগী অঙ্গ (বোডী) অহুম লৈ। মদুবু "প্রস্থানত্রয়ী" হায়না খঙনৈ। মসিদা শাঙ্করভাষ্য য়াওবা ঈশ, কেন, কঠ, প্রশ্ন, মাণ্ডুক্য (গৌরপাদ কারিকা য়াওবা), ঐতেরেয়, তৈত্তরিয়, ছান্দোগ্য, বৃহদরণ্যক ১সুং শ্বেতাশ্বেটর, উপনিষৎ তরামথোই, শঙ্করভাষ্য য়াওবা শ্রীমদ ভাগবদ গীতা ১সুং শারীরিক্ ভাষাগা লোইননা ব্রহ্মসূত্র মখোয় অহুম অসিবু "প্রস্থনত্রয়ী" হায়না কৌই। শ্রীমাদাদ্য ভগবান্ শ্রীশঙ্কর চার্য্যজীনা অমসুং মতুংগী আচার্য্যশিংনা গ্রন্থ কয়াগী মতেংনা, অমুক হেন্না ময়েক লাহনখি। মসিবু মতম খর লৈরগা "লঘু প্রস্থানত্রয়ী" হায়না খঙনখি। মরমদি মথক্কী সিদ্ধান্তগী, ময়েকলানা তাক্পা ১সুং মতুংদা মমুন ফাদবা বিচার তৌবা কাঙবুগী খেন্নবা মিৎয়েংগী দর্শনিকশিংবু মখোয়গী তর্কশিং (ব্রায়েৎশিং) ১সুং অদ্বৈত বেদান্তগী ওন্ন-তৈনবা বিচার মতৌ খুদিং ককথৎনবগীদমক য়াম্না মতিক চারবা, গ্রন্থ অহুম লেংখি। মখোয়শিং অদুদি (১) শ্রীচিৎসুখাচার্যগী "তত্ত্বপ্রদিপিকা" (চিৎসুখী), (২) শ্রীহর্ষমিশ্রগী খণ্ডনখাদ্য ১সুং (৩) শ্রী মধুসুদন সরস্বতীজীগী অদ্বৈতসিদ্ধি।

অদ্বৈত বেদান্তগী অধ্যয়ন তৌরিবশিংগী মমাংদা য়াম্না ব্রাংলবা গ্রন্থ কয়া বিদ্বান কয়াগী পণ্ডিত ওইবগী মওঙদা নৈনরি।

অদুম ওইনমক শ্রীমধুসুদন সরস্বতীগী অদ্বৈত সিদ্ধি ময়াম পুম্নমক অসিদগী তোপ তোপ্পা অঙকপা লৌশিং মঙানগী পরিচয় পীরি। মসিগুম্বা গ্রন্থগী মাম্নবা অমা অতৈ মফমদা লৈতে। অনিগুবা ওইনা শ্রীমধুসুদনজী মহারাজনা দ্বৈতবাদীশিংগী ফজরবা যুক্তি কয়াবু ককৃথৎতুনা "অদ্বৈতবত্নরক্ষণম্" কৌবা গ্রন্থরত্ন অসি রচনা তৌখি। গ্রন্থরত্নসিবু ইখিবগী মরমদি শ্রীহর্ষমিশ্রগী খণ্ডন খণ্ড খাদ্যাগী মথক্তী শ্রীশঙ্করটিকা ইখিবা দ্বৈতবাদিশিংগী অচৌবা বিদ্বান শ্রীশঙ্করমিশ্রগী "ভেদরত্ন (ভেদ প্রকাশ)" গী অহৌবদা অদ্বৈত বেদান্তীশিংবু হুরানবা শীদুনা ইরি :- ভেদরত্ন পরিত্রানে তার্কিকা এব য়ামিকা।

অতো বেদান্তিন: স্তেয়ান্ নিরস্যাত্যেষ শঙ্কর: ।।। ভেদবাদ (দ্বৈতবাদ) কী রত্নবু ঙাক্লবগীদমক্তা অহিংগী থোংশংবা ওইদুনা তর্ক হৈরবা নৈয়ায়িক ঐখোয় লৈরি। অদুনা হুরানবা বেদান্তীশিংনা নারোন্দা লিৎশিল্লক্লবা শঙ্করমিশ্রনা হোৎনবা অরেম্বা তাহনগনি, হায়বা ব্রাফম অসি শোয়বা লৈতনা অচুম্বা ওইহনবা ঙমখি।

ভেদরত্ন কৌবা গ্রন্থদা শংগ্রহ তৌখিবা তর্ক পুম্নমকপু অদুগা দ্বৈতগী ওইবা যুক্তি কয়াবু লোয়না ককথৎনবনি। লাইরিক অসিগী লোল য়াম্না লাই। পাবদা অপনবা য়াওদনা পাবা, খঙবা ঙম্বা ওইরবসু, সংস্কৃত লোলগী ছাত্রশিং মতমগী মতুংইন্না মপুংফানা নৈনদবা মরম্না, খঙবদা য়াম্না লুনা থোক্লরে। মসিদসু নত্তনা অতোপ-অতোপ্পা দর্শনিকশিংগী পরিভাষাগী লোলদা শব্দ পুম্নমকপু মুম্না খঙদবা মরম্না, অমুক্তা হেম্না লুশিনবা হেল্লে।

মফম মতমগী ফিভমশিংদগী ঙসিগী ছাত্রশিংদা হোৎনবগী চাংসু অসুক্কী মতিক হন্থখ্রে। মসি পুম্নমকসি থ্যান্দা থন্নগা বিদ্বদশিংগী পূজা তৌনিংঙাই ওইরবা শ্রদ্ধাগী মূর্ত্তি শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজী মহারাজনা মথক্তা পনখ্রিবা " অদ্বৈতরত্ন রক্ষণম" গী য়াম্না লায়বা স্বভাবিক লোন্দাদা হিন্দীদা অনুবাদ তৌবিদুনা, স্ততি তৌনিংঙাই ওইনা মায়পাক্লা হোৎনবিখি। লোয়ননা মতাংশিংবু য়াম্না লাইথোক্লা ব্যাখ্যা টিপনী তৌবিদুনা গ্রন্থবু অমুক্ক হেন্না লৈতেংখি। মসিনা শোয়দনমক ছাত্রশিংবু ১দি বিদ্বানশিংবু য়াম্না কান্নবা পীরগনি। শ্রীস্বামীজী মহারাজ অসি মহাক্কী শিক্ষাগী মতমদগী হৌনা তাকপি তম্বীবগী হৈনবী লৈরকই। ঙসিগী সমাজগী থ্বায়দগী ৱাংলবা পদদা লৈতেংলিবা থার্ম্মিক্ নেতাশিং মহাত্মাশিং অয়াম্বা, মহাক্লা তম্বীখিবা ছাত্র ঙাক্তনি। মতম কুইনগী তাকপী তম্বীরকপগী পাকচাউরবা অনুভব লাইরিক অসিগী ৱাহৈ খুদিং ১সুং লামাই খুদিংদা লায়না ফংবা ঙমগনি। অরোইবদা ঐনা আশা তৌজৈ, মদুদি অসিগুম্বা ৱাংলবা থাক্কী লাইরিক কয়া ইবিরক্তুনা ফোংদোক্লকখিগনি। পাবিরিবশিংদা খরদং কান্নবা ফংলবদি, মায় পাকপা ঙম্নে হায়না লৌজগনি।

বিদুষাংবদঃ
স্বামী - মহেস্বরানন্দপুরী
সর্ব্বদশন বেদান্তচার্য্য
এম.এ (ইং)

# ডাঃ অভেদানন্দ সম্মিতিগী মত

অদ্বৈত ব্রহ্মবাদ হায়বসি, উপানিষৎকী ওইবা দর্শন অমনি। উপনিষৎ অদ্বৈত ব্রহ্মবাদপু, তর্কগী কিশিনা পুন্দুনা আদ্যজগদ গুরু আচার্য্য শঙ্করনা জিজ্ঞাসুশিংগী মখুত্তা মমুন ফারবা উহেংগুম পীনবিখি। আচার্য্য শঙ্করগী মতুংদা পদ্মপাদাচার্য্য প্রকাশাত্মযতি, সুরেশ্বরাচার্য্য, খণ্ডকার শ্রীহর্ষ, অদ্বৈতসিদ্ধিকার মধুসুদন সরস্বতীনচিংবা মরুওইবা অদ্বৈত ব্রহ্মবাদপু ঙাক-শেন্দুনা ১সুং ব্যাখ্যাগীদমক মপুংফারবা পণ্ডিতকী ওইবা মতিক চারবা গ্রন্থশিংগী রচনা তৌদুনা অদ্বৈত বেদান্তগী সাহিত্য পুক্কে হেনগৎহনখি। অদ্বৈত সম্প্রদায়গী, পরম পরা ওইনা আচার্য্য মধুসুদন সরস্বতীনসু মহাক্কী মপুংফারবা বিদ্বত্তাপূর্ণ লাইরিক কয়া ইখি। মহাক্কী গ্রন্থশিংগী মরক্তা সিদ্ধান্তবিন্দু অদ্বৈতসিদ্ধ, গীতাটিকা ১সুং অদ্বৈতরত্নরক্ষণম থোইদোক হেন্দোক্না মমিং চৎপা লাইরিকশিংনি। "অদ্বৈতরত্নরক্ষণম্" অদ্বৈত ব্রহ্মবাদপু ঙাক শেনবদা লেংখিবা লাইরিক অমনি। দ্বৈতবাদী শ্রীশঙ্করমিশ্রনা লেংবা "ভেদরত্নপ্রকাশ" কৌবা লাইরিক্কী পাওখুম ওইনা শ্রীমধুসুদন সারস্বতীনা রচনা তৌখিবনি। গ্রন্থ অসিদা ভেদবাদীশিংগী য়াম্না মরুওইবা যুক্তিশিংগী ব্যাখ্যা তৌখি। লাইরিক অসিদা অদ্বৈতদর্শনগী মরুওইবা সমস্যা কয়াগী মরমদসু নৈনখি। দ্বৈতবাদীশিংগী অচৌবা বিদ্বান শ্রীশঙ্করমিশ্রগী "ভেদরত্ন" গী অহৌবা অদ্বৈতবাদশিংবু হুরানবা শিদুনা ইরি -

ভেদরত্ন পরিত্রাণে তার্কিকা এব য়ামিকা।
অতো বেদান্তিনঃ স্তেয়ান্নিরস্যত্যেষে শঙ্করঃ ।।

ভেদবাদ (দ্বৈতবাদ) কী রত্নবু ঙাক্লবগীদমক্তা অহিংগী থোংশংবা ওইদুনা তর্কহৈরবা নৈয়ায়িক ঐখোয় লৈরি অদুনা হুরানবা বেদান্তীশিংনা নারোন্দা লিংশিল্লক্লবা শঙ্করমিশ্রন হোৎনবা অরেম্বা তাহনগনি হায়বা ৱাফম অসি শোয়দনা অচুম্বা ওইহনবা ঙমখি।

শ্রীমধুসুদন সরস্বতীনা ইবা "অদ্বৈতরত্নরক্ষণম্" কৌবা নিবন্ধ অসিগী হিন্দিদা অনুবাদ তৌখিবা তপোনিষ্ট মহাত্মা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীনা হায়রিবা মথক্কী গ্রন্থ্ অসিগী হিন্দিদা অনুবাদ তৌবিদুনা, অৱাৎপা অসিবু কোকহনখি। স্বামীজী মহারাজনা মতাংচাবদা ন্যায়, মিমাংসানচিংবা দর্শনশিংগী শিজিন্নবা ১সুং গ্রন্থ্ অসিগী ওইবা উপযোগী পরিভাষাগী ওইবা শব্দশিংগী মথক্তা টিপনী অসি মফম মফমদা ইবিদুনা শেংদোকপিখি। টিপনী অসি অসুক্কী মতিক লৈয়াৎ শেংবা ব্যাখ্যানি হায়বদা, থোইদোকপা হায়মন্না থোক্লোই।

শ্রীস্বামীজী বেদান্তগী অধিকারী বিদ্বান অমা ওইনা, কাব্যগী প্রতিভাসু (মঙাল) সু লৈ। মসি মহাক্কী গ্রন্থগী অহৌবদা অমসুং অরোইবদা লেংখিবা, সংস্কৃত শ্লোকশিংদগী খঙবা ঙমই। অরোইবা শ্লোক অমদদি জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মহাক্কী বিদ্বান ওইবগী প্রমান ফংবা ঙমই।

চাউরাক্লা ঐখোয়না হৌজিককালগী, বেদান্তগী বিদ্বানশিং, সাধু সন্তশিংনা ৱারী লীবা, প্রবচন (ব্যাখ্যা) ভাষণ পীবা মসিদা

লুপ্তুনা লৈবগুম তৌবা মরম্মা, বেদান্ত সাহিত্যগী রক্ষা ১সুং পুক্কে হেনগৎহন্নবা হোৎনবদা, পুক্লিং কয়া চংদবগুম উই। বেদান্ত প্রচার, প্রসার হায়বসিমসু তঙাইফদবনি। অদুম ওইনমক মতুংগী ওইবা সমাজদা বেদান্ত প্রচার গ্রন্থশিংগী ওইবা প্রচারখক্তনি। লাইরিক হায়বসিনা মীওইবা ঐখোয়গী জ্ঞানবু অমর ওইহল্লি। অসুম্নসু হায়রি :-

পশ্য পশ্য দেবেস্য কাব্যং।
ন জির্যতে ন চ মমার।।

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজী মহারাজগী মহান যোগদান অসিদগী ঐখোয়দা থোইদোক্লা নুংঙাইজবা পীবিবনি ১সুং আশা তৌজরি, অতৈ বিদ্বানশিংসু মহা পুরুষ অসিদগী পাওতাক লৌরগা লাইরিক ইনবা, লেখনী (কলম) পায়বিগনি হায়না অদুগা অরোইবদা ঐনা মসিমসু আশা তৌজে গ্রন্থ অসিবু বিদ্বানশিংগী আদর তৌবা য়াবা গ্রন্থ ওইগনি।

ডা: অভেদানন্দ
বেদান্তচার্য্য এম.এ
পি, এইচ, দি (ইংলেণ্ড)

অধ্যক্ষ : দর্শন বিভাগ গুরুকুল কাংগড়ী
বিশ্ববিদ্যালয় - হরিদ্বার।

আচার্য্য প্রবর শ্রীমৎ পরমহংস পরিব্রাজিকাচার্য্য শ্রীস্বামী মধুসুদন সরস্বতী হায়বসি মীওইপোক্তা লাইপোক্কী বুদ্ধিনা মপুং ফানা তিল্লবা বিদ্বানশিংগী মরক্তা নুমিৎকুম্না ঙাল্লিবা, মহান দর্শনিক অসিগী বুদ্ধিগী কলপনা শক্তিদি চাংদম্নিংঙাই লৈতবনি। পুকচেল চাওবা থম্মোই ওইবতা নত্তনা মসিগী প্রতিপাদন শৈলীদা মেং থোৎপা ১সুং অশেংবসু ওইরম্মী। লোনগী মতাংদসু সভ্যতা ১দি বাদগী মার্য্যাদাশিংবু থৌওইদবা অমত্তা য়াওখিদে। স্বামী মধুসুদন সরস্বতীগী থৌনাদি অঙকপনি অদ্বৈত বেদান্ত অসিবু লেংহনবা ১সুং ফুকপা ঙমদ্রবা য়োৎকী য়ুম্বীগুম ওইদুনা লৈরকই। মহাক্না ইবা অফাওবা "অদ্বৈতরত্নরক্ষণম" হায়বা গ্রন্থ অসিবু স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীনা য়াম্না চংখোন্না হিন্দীদা অনুবাদ ১দি টিকা তৌদুনা ইথোকপীরম্মী। সংস্কৃত্তা ইবা য়াম্না অরুবা লোল অদুবু মীয়াম্না খংননবা হিন্দীদা ইথোকপীরম্বা অদুদা মতম অদুগী সাধারন মীয়াম্না, পণ্ডিতশিংনা ১দি ছাত্রশিংনসু পুন্নমক্না থাগৎপা মীশক অমা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজনা ওইখিরম্মী।

স্বামী যোগেন্দ্রনন্দগিরিজী অসিনা মহানদর্শনিক শ্রীমধসুদন সরস্বতীবু আদর্শ ওইনা মাংদা থম্বগুম উই। সাধক অসিনা মহৈ য়ালহন্নবগীদমক ব্রহ্মমক্না মশক মওংগী কল্পনা তৌই। সিদ্ধান্ত অসিদা জ্ঞানী ভক্ত অদ্বৈতনিষ্ঠা অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিগী অয়ৌবা সাধ্য ১সুং পরাভক্তিদা লৈবা ওই। ১সুং মধুসুদনগী মতৌ কয়াগী মমি যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীদা তাই। অদ্বৈতরতন্রক্ষণম্বু অসি য়ৌনা ফজনা হিন্দিদা অনুবাদ তৌরম্বা অসিবু বিদ্বানশিংনা য়াম্না হরাওবা ফোংদোকপগা লোইননা

স্বামীজী অসিবুসু থাগৎনখিরম্মী। অসুম্না স্বামীজী অসিসু ভারতকী অফাওবা পণ্ডিতশিংগী মরক্তা শিংথানবা তোমথিন ফাওবা পণ্ডিত অমা ওইরকখিরম্মী।

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীনা ইবা লাইহৈরিকশিংদগী খংবদা কান্নবা খরদং লৌথোকচরগা মথাদা হাপচরি :-

কর্ম্মগী লম্বী :- ন হর্ত্তব্যং পরধনমিতি ধর্ম্ম সনাতনঃ।

অতোপ্পগী লনথুমবু হুরান্দবা, মদুবু পুক্লিংদা ফাওবা লৌনিংঙুদবা মীশক অদু সনার্তন (লেঙদনা লৈবা) ধর্ম্ম কৌই।

"সত্যং যথার্থে বাঙ্‌মনসে"

পুক্লিং শেংনা অচুম্বা ব্রা ঙাংবসি সত্যনি।

স্তেয়ম শাস্ত্র পূর্ব্বকং দ্রব্যাণাংপরতঃ স্বীকরণম্।

তৎপ্রতিষেধঃ পূনয় স্পৃহারূপমস্তেয় মিতি।।

"শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্তবা অতোপ্পগী পোৎ লৌবসি হুরানবনি, হুরানবা অসিবু পুক্লিংনা ফাওবা থাদোকপবু হুরান্দবা কৌই, অস্তেয় কৌই।

অহিংসা :- সংসার অসিদা মথ্বাইদগী হেন্না নুংশিথোইবা কনা অমতা লৈতে। অতোপ্পবু মশাগা মান্ননা খনবা ঙম্বা মীদুগী শাজৎ অদুবু "অহিংসা" কৌই।

ব্রহ্মচার্য্য :- নুপী নহাগী মফমদা পুক্লিং লুপ্পা মীদুনা, অফবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে। নত্ত-নত্তবা তৌশিল্লক্তুনা, তৌগদবা মথৌ ফাওবা থাদোরকই। নুপীদুগী মরমদা খন্দুনা লৈরকই। মরমসিনা জননেন্দ্রিয় ওইবা (নুপা-নুপীগী অথুপ্পা মফমশিং)

অদুবু লাকশিনগদবনি। মদু কন্নিগুম্বা অমত্তা খল্লোইদবনি। মসিবু ব্রহ্মচার্য্য কৌই।

"বিষয়াণা মর্জ্জনরক্ষণক্ষয় সঙ্গহিংসাদোষদর্শনাদ স্বীকরণমপরিগ্রহঃ"

"শেল-থুম পোৎ-চৈ তানশিনবদা, ঙাকপদা, মাঙবদা অদুগা শম্নবদা ওইগদবা দোষশিংবু ১সুং মদুদগী অতোপ্পগী পুক্নিংদা অৱা-অনা পোকপা অসিনচিংবা দোষশিং য়েংলগা পোৎ-চৈ শেল-থুম লৌদবসি অপরিগ্রহনি।

মহাদেবনা পাৰ্ব্বতীদা অসুম্না তাক্লি :-

"অতোপ্পগী লন-থুমদা ঐগীসু ওইসনু হায়না মিহৌদবা, মতম পুম্নমক্তা অতোপ্পগী নুপী থাদোকপা (য়েংদবা) ১সুং ধৰ্ম্ম তৌদুনা শেংনা তানবা চাক-ঈশিংদা চা-থক্তুনা লৈবা মীশিং স্বর্গদা চৎকদৌবা মীশিংনি। হুন্নানবা থাদোক্লগা মশাগী লৈজবা লন-থুমদগী মতম পুম্নমক্তা পেন্দুনা লৈবা ১সুং মশাগী ভাগ্যদগী (মরায়বক্তগী) ফংবা চারগা লৈবা মীশিং স্বৰ্গদা চৎকদৌবা মীনি। উমংদা নত্রগা অহাংবা মফমদা থম্বা ১সুং তাদুনা লৈবা অতোপ্পগী শেল-থুম উবা মতমদা পুক্নিংদগী ফাওবা মদু লৌনবা হোৎনদবা মীশিং অদুদি স্বর্গ শোয়দনা ফংগদবনি।

ধ্যানগী লম্বী :- আরুরুক্ষোর্মুন্নে যোগং কৰ্ম্ম কারণমুচতে।
যোগারুঢ়স্য তস্যৈব শমঃ কারণমুচতে।।

অথুপ্পা ৱা :- শেংদবা পুক্নিংদি বিষয়শিংদা চত্তুনা লৈ শেংদবা পুক্নিংবু কনানসু ফাজিনবা ঙমদে। পুক্নিং শেংদনা ধ্যান তৌবা য়াদে। পুক্নিং শেংনবা উপায়দি নিষ্কাম কৰ্ম্ম শোয়দনা তৌবা তাই।

## ভক্তিগী লম্বী

মন একত্র সংযুঞ্জিজ্জিত শাসোজিতাসনঃ।
বৈরাগ্যাভ্যামযোগেন ম্রিয়মাণমতন্দ্রিতঃ।।

পদ্মাসন, সিদ্ধাসন্নচিংবা ফম্বদা সিদ্ধ ওইরবা ১সুং প্রাণায়াম তৌদুনা থৱায় লাকশিনবা মীদুনা বৈরাগ্যগী যোগ অভ্যাসকী পুক্লিংনা ফাজিল্লদুনা প্রমাত্মখক্তদা লেংদনা নিংজদুনা লৈগদবনি।

মরমদি পুক্লিং শেংদনা ফন হোৎনদুনসু জ্ঞান ভক্তি যোগনা পরমাত্মাবু ফংবা ঙমদে। পুক্লিং শেংনা হোৎনরবতদা পরমাত্মাবু ফংবা ঙম্মী। পুক্লিং শেংননবা উপায়দি নিষ্কামকর্ম্ম তৌজদুনা মিহৌবা লৈতনা ঈশ্বরগীদমক্তা পুম্নমক কৎথোকচবা ঙম্বা অদুবুনি।

শ্রদ্ধাবাল্লভতে জ্ঞানংতৎপরঃ সংয়তেন্দ্রিয়ঃ।

ইন্দ্রিয় পুম্নমক খুদুম চন্দুনা পুক্লিং থিংজিন্না ১সুং থাজবগা লোইননা হোৎনরিবা মী অদুতনা ঈশ্বরগী তত্ত্বজ্ঞান অসি ফংবা ঙম্মী।

ভক্তি লব্দবতঃ সাধো কিমন্যাদবশিষতে।
ময়্যনন্তগুণে ব্রহ্মণ্যানন্দানুভবাত্মনি।।

সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মগী মশক ওইবা ১সুং মশীং লাকঙমদ্রবা গুণনা তিন্দুনা লৈরিবা ঐঙোন্দা লেঙদবা ভক্তি তৌজরবা সাধু ওইবা ভক্তদুগী সংসার অসিদা ফংলোইদবা করম্বা পোৎ লৈরিবগে ? হায়বদি ভক্তি অদুতনা নীংবা পুম্নমক থুংগনি।

## জ্ঞানগী লম্বী

ঈশ্বর অসি সর্ব্বশক্তিমান (Omnipotant) শক্তি পুম্নমক তিল্লবা। সর্ব্বজ্ঞ (Omniscent) পুম্নমক খংলিবা সর্ব্বব্যাপক (Omnipresent) শীনবা থুংনা লৈবা। Omnific সংসার শেম্লিবা মহাক মতম অহুম্মক্কী Controller ওইরবনি।

অদুগা ঈশ্বরগী অংশনি হায়রিবা জীব অসিদি য়াম্না শক্তি পীক্‌পা পার্ট পুম্নমক Limited (ঙমখৈ নাইবা) ঙাক্তনি। খীজক্ত মখংবা, খজিক্তা মউবা, মশাদা অৱাবা পীরকপদা ঙাকপা ঙমদবা, মীগী অৱাবসু ঙাকথোকপা ঙমজদবা, য়াম্না শোনবা ঈশ্বরগী শক্তি অদুদগীদি য়াম্না ওন্ন-তৈনবা, শক্তি ইয়াও য়াওদবা জীবত্মানি।

প্রকৃত্যৈব চ কর্ম্মাণি ক্রিয়মাণানি সর্ব্বশঃ।
য়ঃ পশ্যতি তথাহত্মনমকর্ত্তারংস পশ্যতি।

"হকচাং, মন-ইন্দ্রিয়নচিংবগী মশক লৌদুনা প্রকৃতি (ঈশ্বরগী মায়া) না থবক পুম্নমক তৌই হায়না খঙবা অদুগা আত্মাবু অকর্ত্তানি খঙবা মহাক অদু অশেংবা খঙবা মীনি।"

ঈশ্বরগী মায়া (প্রকৃতি) দগী পোকপা সত্ত্ব, রজ, তমগুণ অহুম অসি তোংঙান তোংঙানবা মীশক অহুমদা লৈরগা থবক অমখক তৌরকপা মতমদা, মদুগী খেন্নবদু উবা ফংগনি। শম্না হায়রবদা মহাভারতকী লানফমদা অর্জ্জুন, কর্ণ, দুর্য্যোধন অহুমমক লান তৌরিবা মীশক ঙাক্তনি। মখোয় অহুমগী থবক্তা য়েংলসি।

(অর্জ্জুন) সত্ত্ব

১/ নিয়তং সঙ্গরহিতম্ রাগদ্বেষতঃ কৃতম্।
অফল প্রেপ্সুনা কর্ম্ম যৎ তৎ সাত্ত্বিকমুচতে।।

মহৈ পামদবা মীনা, অপাম্বা য়েংথিবা ১সুং আসক্তি য়াওদনা মাগী মহৌশানা তৌফম থোকপগী তৌবা থবকপু সত্ত্বগুণগী থবক কৌই।

(কর্ণ) রজ

২/ যৎ তু কামেপসুনা কর্ম্ম সাহঙ্করেণ বা পুন ।।
ক্রিয়তে বহু লায়াসং তত্রাজসমৃদাসতম।।

ফংনিংবা অপাম্বনা তিনবা অমসুং ঐনি হায়বা অহঙ্কার তৌবা মীনা য়াম্না ব্রানা তৌবা থবকপু রজোগুণগী থবক কৌই।

(দুর্যোধন) তমঃ

অনুবন্ধংক্ষয়ং হিংসামনপেক্ষ্যচ পৌরুষম।
মোহাদারভ্যতে কর্ম্ম যৎতৎ তামমমুচ্যতে।

মতুংদা করি থোক্কদবগে ? ঐনা কদাই ফাওবা তৌবা ঙমগদগে ? অমসুং মসি তৌরগা জীবগী ফত্তবা ১সুং অমাংবা থোক্কদ্রা হায়বা ইখং খংদনা তৌবা থবক তমোগুণগী থবক কৌই।

অসুম্না সত্ত্ব, রজ, তমঃ গুণ অহুমগী খেন্নবসি ওইরকই। মীওইবনা তৌরিবা থবক পুম্নমক প্রকৃতিগী গুন্না তৌহনবা ঙাক্তনি অসুম্না খঙবনা অচুম্বনি।

আত্মা অসি করিগুম্বা থবক অমগী কর্ত্তা নত্তে, থবক্কী মহৈ চাবা ভোক্তাসু নত্তে, হায়বসিসু খঙগদবনি।

ঐখোইগী হকচাং অসিদা আত্মাগী মঙাল লৈত্রবদি, মহাক করিসু তৌবা ঙমদে। খুদম ওইনা হায়রবদা, চফুনচিংবা পোৎশিংদা নুমিৎকী মঙাল ঙালহন্দুনা লৈ। মতোমতনা ঙান্দুনা লৈবা ঙমদে। চফু অসি প্রকাশ্যনি (ঙালহলগদবা পোৎনি), নুমিৎকী মঙাল প্রকাশক্তি (ঙালহল্লিবা পোৎনি)। চফুগা, নুমিৎকা অনি অসি মান্নদে। মতৌ অসুম্না হকচাংগা আত্মাগসু মান্নদে। মসি ঐখোয়না শেংনা খংগদবনি। অদুগা আত্মা অসিদি হকচাংগা খজিক্তা ফাওবসু শম্নদে হায়না খঙগদবনি।

হকচাং অসিদা মখল অহুম থোক্লা খাইদোকই :- ১)স্থুল শরীর (অপৌবা হকচাং) ২) সুক্ষ্ম শরীর (অকুপ্পা হকচাং) ৩) কারণ শরীর (মরু ওইবা হকচাং)। অবিদ্যা, অজ্ঞানসি কারণ শরীর কৌই। স্থুল শরীর তুমদনা লৈবা মতমদা, থবক শুদুনা লৈ। শরীর অনিনা মতেং পাংদুনা লৈ। অদুগা স্থুল শরীরনা তুম্নগা লৈবা মতমদদি স্থুল শরীর অদু তুমিম্না লেঙদনা লৈ। মতম অসিদা থব্রাইদি স্বর হোন্দুনা লৈহৌই। মহাক্লা স্থুল শরীরবু ঙাক শেন্দুনসু লৈহৌই কারন শরীরদি আত্মাগী উপাধি ওইনা লৈ। তুম্নবা মতমদদি সুক্ষ্মা শরীরনা থবক তৌই। কারণ শরীরনা মাগী মতেং পাংই। অদুগা তুমখুন হুম্না তুম্বা মতমদদি সুক্ষ্ম শরীর অসিসু লৈতে। অজ্ঞান্দা তিন্দু না লৈ। প্রাম্না স্থুল শরীর অদুবু ঙাক্কুনা অদুম লৈ। মঙদা আত্মা অসিনা মঙাল ওইনা লৈ। মঙদা ঐখোয়না নুমিৎ থোক্রবসু ঙাম্না অদুম উবা ফংলিবা, অদুগা পাইবা ঙন্নিবা পুম্নমক অসি পরমাত্মাগী শক্তিনা উরিবা ১দি ঙন্নিবা ঙাক্তনি। অসুম্না ঐখোয়না খংগদবনি। পরমাত্মা য়াওরি হায়বগী প্রমাম্নি।

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীগী পুন্সিদা, অফবা গুরু অমগী পাওতাক মতুং ইম্না হোৎনজদুনা সংস্কৃত, বেদবেদান্ত, ১দি জ্যোতিষ সিদ্ধান্তগী জ্ঞান মতিকচাবা ফংহৌবা মরমদগী অফাওবা সন্ন্যাসী অমা ওইবা ঙমখিরম্মী। অদুগা লোইননা মথং অদুদসু স্বামী অফাওবা শ্রীমধুসুদন সরস্বতীগী "অদ্বৈতরত্ন রক্ষণম" কৌবা সংস্কৃত্তা ইবা গ্রন্থগী হিন্দিদা অনুবাদ নিংথিজনা তৌদুনা ফোংদোক্লু বদগী অখং-অহৈশিং, ছাত্রশিং ১দি সাধারণ মীয়াম্না থাগৎপা ১দি অফাওবা মীশক অমসু যোগেন্দ্রানন্দগিরিজীনা ওইবা ঙমখিরম্মী। মহাক্না লিংখৎচখিবা মঙ্গলগিরি আশ্রমদা ইংশোক ১৯৮৮ দা স্বামীজীসু সংসার অসিদগী বিদায় লৌখিরম্মী। অদুগা গঙ্গাতুরেলগী কালিঘাত্তা বিসর্জ্জন তৌখিরম্মী।

(ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ)

• • • • • •

